# ꯂꯥꯏ ꯃꯊꯥ ꯁꯥꯔꯤ

# লাই মথা শারি

অখোম য়ান্দিবালা দেবী




মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি

*Lai Matha Shaari*
a collection of 79 poems by Akhom Yandibala Devi,
Kongba Nandeibam Leikai, Imphal 2011

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | ওক্টোবর ২০১১ |
| অফোঙবা | : | মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি, ইম্ফাল |
| মখূমগী লাই | : | সিংহ পব্লিসিটি, ন্যু চেক্কোন, ইম্ফাল |
| কোপি মশীং | : | ১০০০ |
| মমল | : | লুপা ১৫০ |





লাইরিক ফংফমশিং :

মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি, এসেম্বলি রোদ, ইম্ফাল
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার, ইম্ফাল
রাজেশ বুক ষ্টোর, গভর্নর রোদ, ইম্ফাল
অইবীগী যূম।

সোফ্‌ট প্রিন্ট, থৌবাল নিংঙোম্বম, থৌবালদা টাইপসেট তৌবগা কংলা প্রিন্টর্স, গভর্নর রোদ, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১ দা নম্বা।

ঐবু তাইবং মশক খণ্ডহনবিরম্বা ইপা ইবুংঙো
অখোম গুল্লাপী সিংহগী
নীংশিং শক্তমদা...

# অইবীগী ৱারোল

অঙাং ওইরিঙৈদগী সাহিত্যগী লাইরিক পাবা অমদি শৈরেং ইনীংবগী ৱাখলদা ঙাওজরকই। মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি, ইম্ফালদা ঙল্লিঙৈদগী হৌনা সাহিত্যবু পামজবা তামোশিং অমদি ইচেশিং তোয়না লোয়নবা ফংলকপসিনসু ঐঙোন্দা সাহিত্যগী মচুসি হেন্না শঙবিখিবনি। মসিমক্কা শৈরেংগী লাইরিক অমতং পুথোকচবা ঙল্লবদি হায়বগী অনীংবদা মতম কুইনা লৈতাফম খঙদনা লাক্লি।

ঙসিদি অরৈবা পাঙ্গল পুথোকচদুনা, মীৎ-না চেজেৎ উইশিঞ্জদুনা পামজবা অদুতবু পাঙথোক্লবদি খঞ্জদুনা লাইরিক অমা পুথোক্লনবগী মঙলান অদু মঙফাওননবা সাহিত্যবু থৱায়নি খঞ্জরিবা তামোশিং অমদি ইচেশিংগী থৌনাগী ৱাহৈ কয়া ইকোকথক্তা হাপচদুনা মতীক চাদ্রবসু চাদনা ইকায় ইকায়না থোকচরক্লিবনি।

ঐগী শৈরেং লাইরিকসি ফোঙদ্রিঙৈগী মমাঙদা খৃৎই ওইনা লৈরিঙৈদা পাবিননবা অমদি সজেসন পীবিননবা হায়জরুবদা হরাও হরাও য়াবিদুনা সজেসন কয়া পীবিরকখিবা তামো ডা: অথোকপম খোলচন্দ্র অমদি তামো সরতচান্দ থিয়াম্বু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইরিক অসিবু অহিংবা অমা ওইননবা মতম কয়া কাইথোকপিদুনা হন্না হন্না পাবিখিবা অমদি অনৌ অনৌবা ৱাখল্লোন কয়া পীবিদুনা থৌনা কয়া হাপ্লিখিবা তামো থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহবু পুন্সিগী কাউজরোই। লোয়ননা লাইরিক অসিবু নম্বদা অমদি লাইরিকসিগী বানানশিংবু কৃপ্না য়েংবিবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা তামো ইমোজীৎ নিংঙোম্বম, মখূম য়েকপিখিবা সিংহ পব্লিসিটি, ন্যু চেক্কোন, ইম্ফাল অমদি লাইরিক অসি ইবদা থৌনা কয়া হাপ্লিখিবা নুংশিরবী মরূপ উসম বীনা দেবীবুসু থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু নম্বিরিবা কংলা প্রিন্টরস, গভর্নর রোদ, ইম্ফাল অমদি ঐবু সাহিত্যগী ইনোৎ পীবিখিবা তামোশিং অমদি ইচেশিং পূম্নমকপু থাগৎচরি।

কোংবা নান্দৈবম লৈকায় | অখোম য়ান্দিবালা দেবী

১৫/৯/২০১১

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

খৃ: ১৯৮৫ ডিসেম্বরগী ৮ দগী মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা, ইববু পামজবা নহা অইবশিংতনা লিংখৎখিবা 'মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি' ঙসিদি সাহিত্যবু নুংশিজবা সাহিত্যবু পামজবা মণিপুরগী মনুং অমদি মপালগী মীপুম খুদিংমক্না শকখঙবিবা সংস্থান অমা হায়বদু ওইরে। সোসাইটি অসি চহী ২৫ মপূং ফাদুনা চহী অমা চূপ্না 'লূপানা ফৃদোংবা চহী' হায়দুনা পালন তৌখ্রে। সাহিত্য একাদেমিনা শকখঙলবা সাহিত্যগী সংস্থানশিংগী মনুংদা 'মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি'সু অমা ওইরে ঙসিদি।

সংস্থান অসিনা, মণিপুরী সাহিত্যবু মালেমগী সাহিত্যগী খোংজেলদা য়াওবা ঙম্নবা হায়দুনা মতম মতমগী থৌবুরোয় কয়ানা---সেমিনার, সিম্পোজিয়ম, ৱর্কশোপ, শৈরেং শৈদিন্নবা, ৱারীমচা পাবা, লাইরিক্কী মরমদা খন্ন-নৈনবা কয়া পাঙথোক্কুনা লাক্লি। মণিপুরী সাহিত্যদা নত্তনা লমদমসিদা খুন্দামিন্নরিবা কাঙলূপ খুদিংগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদসু সোসাইটি অসিনা থৌরম কয়া পাঙথোক্কুনা লাক্লি। মণিপুরী লোলদা থা তরুক/তরুককী ওইবা *সাহিত্যগী লৈচল* কৌবা চেফোংঙ অমসু সোসাইটি অসিনা ফোঙলি। হৌজিক ফাওবদা সোসাইটি অসিনা লাইবিক মরি--খৃ: ১৯৯৩ দা *নুপীগী খোঞ্জেল* (শৈরেং); খৃ: ১৯৯৪ দা *খূনীং নেৎকে খুমাঙ নেৎকে* (শৈরেং); খৃ: ২০০৫ দা *নৈন-ৱারেং খোমজিনবা* (ৱারেং); খৃ: ২০১০ দা *লূপানা ফৃদোংলকপদা* (শৈরেং) ফোঙখ্রে। সোসাইটি অসিগী অইবশিংনা সোসাইটি অসিগী বেন্নর মখাদা পুথোকপা তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিং---শৈরেং, ৱারীমচা, উপন্যাস, ড্রামা, ৱারেং, নৈন-ৱারেং লাইরিক, হৌজিক ফাওবদা পূন্না ৪৮ শুরে।

সোসাইটি অসিনা খৃ: ২০০১ দগী হৌদুনা লমদম অসিগী অফবা লাইরিক খনগৎতুনা 'সেরাম মুক্তা শেলগী মনা' চহী অনী/অনী কান্নরগা পীদুনা অইবশিংবু পূক্নিং থৌগৎতুনা লাক্লি।

হন্দক পুথোকচরিবা অখোম য়ান্দিবালা দেবীগী শৈরেং লাইরিক *লাই মথা শারি* অসিনা সোসাইটি অসিগী ৪৯শুবা লাইরিক্নি। অখোম য়ান্দিবালা দেবী সোসাইটি অসিগী য়াম্না নহা ওইরিবী অইবীনি। হন্দক পুথোকচরিবা লাইরিক অসিনা অহানবা ওইজরবসু সাহিত্যগী থৌরম কয়াদা অমদি সোসাইটিনা পুথোকপা চেফোংঙদা শৈরেং কয়া খূদোল তমদুনা লাক্লবী নহা ওইরিবী অইবীনি।

অইবী অসিগী ৱাকৎ, নুংগী ৱাখল্লোন কয়া শৈরেং লাইরিক অসিদা থেংনবিগনি। সাহিত্যবু নুংশিবিবা খ্বাই তরাগী মফমদা শিন্নজরি *লাই মথা শারি* ইকায়খুম্নজবগা লোয়ননা।

ইম্ফাল
২৫/০৮/২০১১

**শামুঙৌ থোকচোম**
**জেনরেল সেক্রেটরি**

# য়াওরিবশিং

# কাচিনগী লাইমু

তৃমিন চঙলুই
মীনা উখিদে
ফৃরিৎখাউদগী শৎতোক্লুই
মীনা খঙখিদে
তপ্লা থম্লুই
মীনা তাখিদে
মথা শারি
কোক্তা নাল্লি
ব্রাখল তৌরি
চূবা মেৎলি
মঙক নোম্লি
চীনবান চাক্লি
কোযফাক ফাক্লি
মথং-মনাও
কোয়চাই চাইরি
টেবল মথক

তপ্লা চিংথোরক্লে
কাচিনগী লাইমু
মোমোন নোকচৈ
থুনা লৌশিল্লি
মীনা উখিদে।

তাং ২-৩-১৯৯২ ইং

## লাই কোতি কুন্থ্রাহুমদোই

নেতাগী টুপী উপ্পুনা
অঙৌবা ফিজোল শেৎলগা
ধূপকী মৈখু মরক্তা
নিরি বর
লাই কোতি কুন্থ্রাহুমদোইদা।

নোম - নোম শগাইতোং
চানবা ফংদ্রে ইবৈবাক
রাবিয়েদ মীবমদগী লৌথনি
ঈকং ঈচা ও লাক্রসু
দাম শানি ব্রাবিন্
থোঙ্গাল খূদিং মৈবাশং
রাকক পরেং থোংগ্রা মান
উপাক পরেং উরোক থোং
লৈবক খুল্লক তোতি পাইপ
হরা ও মথোই কারক্লে
নুংঙাইবা নুমিৎ য়ৌরক্লে
লৈ পরেং পারেংনা
অনৌবা মঙ্গল পীরবে
মমাংউ থোংবু থিংজিনখ্রে
নেতাগী টুপী উপ্পুনা।

মৈতাল লিপিরং লিশিংনা
চনিংলোমদা লৈবরে
শন্নোই থারোই ময়ামগা
শেগা মাইগা লানরে

অনৌবা মঙাল ফংলরে
মথোল মথোল হাপকৎখ্রে
উদগী চাউবা খোংনাংনি
কদর হৈবা এম এল এনি
তে-তে তেনৱা
প্রজানা ৱারগা
লুচিংবনা নোক্লি
মন্ত্রীনা পোঙলিঙৈ পোঙহৌরো
এম এল এনা চোংলিঙৈ চোংহৌরো।

তাং ৮-৯-১৯৯২ ইং

# মৈ

তাম্না উরিবা চীংশাং নাপোমদা
মদোম তরক
চাকহৌরিবসে মৈরী থোক্লা
লাম্মে হায়বদুরা ইমা।

মালঙ ইপোম শহুমদা
ইঙা নোংজ়ুগী নিঙাইদা
পুন্সি শিন্থা লোইরমদাই
নঙগী শক্তম্না মৃৎলমদাইরা।

অরাবগী তুংদা নুংঙাইবা
নুংঙাইবগী তুংদা অবাবা
খোঙচৎ অমগী লম্বিরা
হৌনশাবা মসিবু।

তাং ২০-১২-১৯৯২ ইং

# নৱা লৌদে

য়ুমথোং খুদিং চঙদুনা
চরণ খুদিং পায়দুনা
ভোটকী ভীক্ষা নিরিবা

প্লেটফোর্ম থক্তা নেৎলগা
মাইক্রোফোন নাক্তা লেপ্তুনা
খোয়থুন্নরবা য়াৱা কয়ানা
খুদুম চনগে থৌরাংবা

লৈবাক্কীদমক খনবিবা
প্রজাশিংদমক বাবিবা
মীয়ামশিংদমক চেনবিবা
ৱাংলবা দলশিংনা অৱামনা

নৱা লৌদে।

তাং ২৭. ১২. ১৯৯২ ইং

# শুংগং মাংগংলুবগী

লাইওইরবা খোংনাংদুনা
তত্তনা হায়,
"চাউথোকখিনু নশাদু
পীকশিনখো হেন্না হেন্না
হেনগৎকে হায়নসু খনগনু
পৃম্নমক্তগী।
নহাক উদব্রা
ঙসি ফাওবা ঐনা
হিংলিবা পুন্সি?"

তাং ৮-৪-১৯৯৩ ইং

## লানফম

মীকৃপ খূদিং
হাৎনরি লাম্থেংনরি
কনানো করিগীদমক
কনানসু খঙদে
দন্দি ফংদে মী হাৎপগীদমক
অশিবতনা মরালনি
কোর্ট লৈতে
অচুম অরান বিচারগীদমক
অরোইবা থোঙগী পুনা লোল্লবসু
হেক্তমক থিরকই
হকচাং কয়াবু
মচেৎ মচেৎ তাহন্নবগীদমক
মৈশা লাংলবা মালেমসিদা

চৎলি শাংলবা পুন্সি খোঙচৎনা
অয়ো নাহে খোনজেল্লক্তা
অরোইবা মীকৃপতবু ঙাইদুনা।

তাং ১৯-৫-১৯৯৩ ইং

## ঈকং

অশংবা চীংমায়শিং
অমুবা ফিজোল হোংদোকখ্রবদা
কায়রক্লে ঋতুগী খোঙচৎ

ঈচেল লেপখ্রে তুরেলশিং
চেল্লক্লে লৈক্রক্কী ঈচেল।

তাং ২০-৫-১৯৯৩ ইং

## হঙ্গৎনা য়েংলুবদা

পোৎকী মমলনা
লমজেল থারি
ইরমগী পোৎনা
কেকু লোৎলি
মীরমগী পোৎনা
য়া য়া চোংথোরক্লি

হঙ্গৎনা য়েংলুবদা
শক্তি পায়বা তান্নরি
চৌক্রি মুন্নরি
ফম্বা হানবা তান্নরি।

তাং ২০-১১-১৯৯৩ ইং

## কান্নদ্রবা সংসারদা

হূনি খঙনা থক্লিবা
শরূ পোলাংগা মরূপ ওইরিবা
মোংফম থক্তা চৎলিবা
বৈতরনি তুবেলবু থিবিবরা?
তোর্বানদুদা ফমদুনা
তুরেলদুবু লানগে খল্লিবা
নঙবু মীনি কাউরববা?
মোন্দ্রংগী সংসারদা তাউদুনা
কান্নদ্রবা ঈপাক্তা ইরোয়বিবা
নঙবু হিংলি কাউরববা?
পুন্সি চেংজেল লোইদ্রিয়
অয়ো নাহে চল্লবসু
থরায়গা হকচাংগা শেৎনদ্রিফাও
ওন্ন-থোইনা খঙখিসি
হিবানবা মনা লাক্রিগনাও।

তাং ১৮ ১২ ১৯৯৪ ইং

# ওর্দর

ফনসু কন্না মহায়জৈ
তাবা কৌবা লৈখিদে
ফনসু কন্না শেংদোকচৈ
খঙবা কৌবা লৈখিদে
ফনসু কন্না থেমজিনজৈ
য়াবা কৌবা লৈখিদে
পীগে হায়জৈ
পুন্সিগী মমল
য়াবা কৌবা লৈখিদে
উপাই লৈতে তুমিন লেপ্লি।

ব্রাখল খল্লি
চুরুপ চল্লি
ওর্দব পীখ্রে
ইনক্বাইবি তৌরো
নে-না তাখ্রে
মোমোন নোকখ্রে।

তাং ২০-১২-১৯৯৪ ইং

## খেন্নবা

অচৌবা খোংনাংগী মখাদা
পোৎথারি
মরীক-মরীক চেন্থরক্লিবা হুমাং
তৈথোক্লদুনা

শংবান্ননা জূম-জূম লাউরিবা
ফৌগী জগোয় য়েংনা
মোমোন নোক্লি
পীক্লবা জীবদো

আশা অমগা লোয়ননা
লমহূইনা ঙাম্থোইবি
অওইবা মান্না
চেন্থরক্লি ৱাহৈ কয়া
মথং মথং
মোল্লবা মবূক নাল্লদুনা।

তাং ১৭-৬-১৯৯৬ ইং

# তূমিন লৈয়ু

কোইথি থিরি
কাচিন কোয়া
কোইলুম লুন্নি
মনীং ময়া
কোয়চৎ চৎলি
নারক মোংশোং
কোয়েং য়েংলি
চীংনুং মান্নুং
কোইথি থিরি
কাঙ্খ লুখা
খংপ্রেক খংই
শোৎ প্রেক
চিংথোরক্লে শোরো শোরো
ঈখেং তারে
তপ-তপ
তেংথারক্লে ও-খোংনা
শায়বা হৌরক্লে
চগৎ-চগৎ
হৌদোংদুনা উচিদো।

তাং ৮-৮-১৯৯৮ ইং

## আশা অমসুং মঙলান

চাউরবা দলান অমা
শাগৎলি মরুভূমিগী লৈঙোয়থক্তা
ৱাংনা
য়াম্না ৱাংনা

অসুম অসুম ৱাংখৎলকখি

কল্লক মৈরীগী নুংশিৎ হুমজিল্লকখি
মায়কৈ খঙদনা
অদুদগীদি
পূন্নমক মাঙখ্রে
পূন্নমক তুমখ্রে
আশা অমসুং মঙলান।

তাং ৮ ১-২০০১ ইং

## থৌদাং

ভৈরবীগী শক্তম লৌরদুনা
শজী অমোমশিং পাইশিল্লকখি
মায়কৈ মরিদগী
শহরগী ময়ায় চবৃক্তা।

চেঙ খৃজোক কন্ননবগীদমক
খৃৎলায় অমতসু য়াওদনা
শোল্লবা পাঙ্গলশিংদুগী
পান্থোম খক্তনা
ঈগী লৌখোং শেমদুনা
ইখিবনি ইতিহাসকী
লামায় খৃদিং
যুগ কয়া লেঙদনা লৈহৌনবা
পেয়াইদ্রবশিংগী চাংয়েংনফম ওইরবা।

মিনুংশি খণ্ডদ্রব' লান
নখোয়গীনা শান্নবুং
ঐখোয়গীনা মীকপ মীরা ওখোল

মীওৎ মীনৈগী
সমাজ অসিদা
ঐখোয়সু হয়েংগী পুন্সিগীদমক
অকিবা পূন্নমক থাদোক্তুনা
অমতা ওইবগী লীচিংদা
থোক্লসি
ইম্ফাল শহর মযায়সিদা

## শক্লোন

ইমা
নঙগী পিবূকনুংগী নাৱাশিংদু
তাইবং মীকপ থোকহনখিনু।

মখোয় হেক পোকঙৈদগী
ইমাগী তম্পাকসে
তাঙ্গোয়না পূমথন থল্লে।

নহাক্লা পীখিবা
কাওজৈ কাওহদুনা
ঙসিদি
ইকায় ফীরুপ খুমলেদো
নাশিখোং ওইবশিংদি।

২

ঐ
মখোয়বু কিজরে
অদুননে ইমা
ঈখেং পাম্বা নাৱাশিংসে
তাইবং ফাওহনগুমসি
মখা তানা।

তাং ৮-৪-২০০৪ ইং

## মোংফমগী মৈ

অশিবা অমগী লোইদ্রিঙৈ
অশিবা অমগী অমুক
অশিবা অমদুগী লোইদ্রিঙৈ
অশিবা অমদুগী অমুক

নহাক উরেদনা
হরিশ্চন্দ্র
অশিবা মথং-মথং পুরক্লিবসে

নঙগী মোংফমসে ঙসি
পূমঙাল ঙালহনাস
সংস্কারগী মৈরীশিংনা।

তাং ২৭-১০-২০০৪ ইং

## অওনবা

কান্নদ্রবা অকংবা ঊনা
কেল্লক্লি অমমম্‌তা ওইনা
কংলবা উপালদগী
অনৌবা য়েন্নীংগীদমক।

তাং ১-১০-২০০৪ ইং

# শর্মিলা

ইঙেন নোংলীক মরক্তা
অহিংবশিংগী ঈখেংতনা
লৈমায়থক্তা তারিবা
ইমা নঙদি কপ্লিবোই
ঐখোয়গী হয়েংগীদমক

মৈতৈ কংলা ময়োলদা
অরৈবা পাঙ্গল পুথোক্কুনা
পেন্দ' খোল্লাউ লাউখিবা
মালেম শীনবা থুংলক্লে
মৈতৈ লিংজেল খঙলক্লে।
কোরৌ মৈশা থওইদা
অমুবা মৈখূ শীংনদুনা
শীন্থুরিবসে অৱাবগী নত্তে।

রাহু মতম লোইদরি
খাঙখিসি চৈনা লিশিং লিশিং
মাঙদা লৈরি মান্নবগী খোল্লাউ
জুন ১৮ গী তুংসিদা
হৌদোক্লসি নৌহৌননা
অমুক
তূন্নিবা মৈগী চীং
ঈগী নোংলীক খীক্কুনা
মৈগী নোংলীক চুহনসি
কৈশুমশঙগী বন্দিসে
হবাও মোমোন নোকহনসি।

তাইবং মায়াগী ৱাংমদা
মতম কুইরে য়াতারিবা
দন্দি নত্তে মহাক্কী
তাঙলবা ঐখোয়গী মণিসে
অমুক্তদি মুলহৌসি
অশিবগী খয়াৎতগী।

তাং ৭-১২-২০০৪ ইং

# ইপাম লমদম

থাবিরনু পামজদ্রে সনাগী কৈরাক্তো
চিংখৎপিরো ননাক্তা
ঐ মালেমদা
খক কূম্লরোই
খঙজররোই কনানো হায়বা
সংস্কার তৌরিবসি
তানীংদ্রে ঐ
ইপাম লমগী ৱারীশিং।

তু, য়েংঙু!
মখূৎ মচা–মচাশিংসিনা
লৈ খূজোক খূজোক কৎলিবসে
মপাগী হকচাংদনি
মথীবোং মরীল থোকপমখৈ
হাৎপিখ্রবা
হয়েং নোং হেক ঙানবগদি
শোয়খ্রে হায়দৌরবা।

অমুকসু য়েংবিয়ু
মখোঙ মখূৎ শৎ তিংথোক্লুনা
ও! খোংনা কপ্লিবসে
মপুরোইবা হাৎপিখিবগীনি
পৈশা খরখক্কীদমক
মিনুংশি হৈতনা হাৎপিখ্রবা।

তাং ১০-১২-২০০৪ ইং

# মপু নীংবা

হূইনি মাদি করিসু খঙজদবা
করিগীনো হূইদা তাইনরিবা
মাদি মীরোল খঙবতনি
মপুনা হায়রিমখৈ তৌজবনি
মাগী মরাল লৈতে
খৎনবা হৌরবদি হূইদা
চীক্লকপা তাবনি মশানা
মাদি হূইনিনা
করিসু খঙজদবা মমৈ পান্দবা
মখোঙ অনীখক্তা পানবা
মী মানবা হূই।

তাং ১৭-১-২০০৫ ইং

## মমল

হূবু থক্লিঙৈ মীকৃপতা
নোংমতা নীংশিংলুদে
পুন্সিগী মমল
হূনা ঐবু থকখ্রবা মীকৃপসিদদি
নুংশিরকই পুন্সিবু অসুক্কী মতীক।

অদুবু পুন্সিনদি
অসুম অসুম তেনশিল্লকই।

তাং ১৮-৮-২০০৫ ইং

# নুমিৎ অনী কাপ্পা

নুমিৎকী ময়াম্বা তাউহুইরেং অহনবা
নঙ ঙসিদি মৈরা পায়বীশিংনা
হাৎপা তারে

লৈবাক ঙাকপগী মিংদা
লৈঙাক লোনগী চূপ্লিবু
নখোয় নচীন ননাওনা
তংখায় তংখায় য়েন্থোকপা

গণতন্ত্রীক ঐখোয়বু
নূং অনীগী মরক্তা
য়েরুম ওলহনবতা ন ওনা
বোক্কী চাকথাকসু ওইহনবা
মনা ও ইবুংঙো নুমিৎ
সনা খোম্মদোন
কদায়দনো নঙনা লোৎলিবা

লৈবাক শেম্বগী মিংদা
নঙগী মরৈ ইন্নবা হোৎনবদা
ঐখোয়গী শাজিল্লুরিবা য়ূম
লোইশিনবা ঙম্মদ্রে
লৈশিল্লুরবা গাড়ি
গেরেজদা থম্বা কিনরে
ফংগদৌরিবা তলব
লৌবা চৎপা তন্নরে
য়াঙ্গোই চূপ্লি পায়দুনা

খূদুপ. থারবসু
নখোয় নচীন ননাওবুদি
শুংশোয় শোয়দনা হাৎলনি।

তাং ১২-৮-২০০৬ ইং

## নোং

শান্নজরম্মী অহাঙবা অতিয়াদা
মনীং তম্না
ওন্ন-থোইনা লৈচীল্লক্তা
মতম খোঙচৎ তুংইন্না
খঙহৌদা মীকুপতা
ওইরক্লে অমংবা নোং
কোইপাই পাইরদুনা
মায়কৈ সলাই খঙদা
তারক্লে মালেমসিদা
জম জম ৰা-ৰা
তিনখ্রে ঊফূল্লক্তা
ওইখ্রে অমোৎপা নালাগী
অনৈবা ঈশিং।

তাং ১৭-৮-২০০৬ ইং

## লাইৱা

অর্জুন — নহাক্কী থৌদাংসিবু চুল্লিব্রা প্রভু
ঐগী শাগৈ নাতে মরূপ-মপাং
পীক্লিবা অঙাং ৱাৎতে অমতা
ঐগী মাঙদা
করম্না খূৎলায় থাগদগে

কৃষ্ণ — অসুক চিল্লবা মতমসিদা
কদায়দগী মোর্গনো অর্জুন
পায়খৎলু নঙগী খূৎলায়
নোংমৈগী মাঙদা লেপ্লরবা
খূদিংমক য়েক্লবনি নহাক্কী
নমাঙদা লেপ্লি পীক্লিবা অঙাং
অচম্বা অঙাং নত্তে
মখোয়ননি লৈবাক শেল্লিবা।

অর্জুন — য়েংবিয়ু মাঙদা প্রভু
অঙৌবা ফিজোল শেৎতুনা
মৈরা পরেং-পরেং
খূৎলায় অমতসু পায়দে
ঐনা করম্না খূৎলায় থাগদগে?

কৃষ্ণ — ক্ষেত্রি নঙগী শাগৈনি
লাননা নহাক্কী নথৌ
চূশিল্লু বোমগী মৈনা
নমাঙদা লেপ্লিবা নুপী
অচম্বা নুপী নত্তে
মখোয়ননি লৈবাক ঙাক্লিবা

অর্জুন — ও! অঙাংনা লৈবাক শেম্বা
নুপীনা লৈবাক ঙাকপা

অদু ওইরবদি প্রভু
নয়াথং ইল্লগে
য়াঙ্গোই চূপ্লি পায়দুনা
নুংশিংকী মাঙবু থাবিয়ু
লানফম ময়ায়দা চঙলগে।

তাং ৬-১২-২০০৬ ইং

# নঙগী পুন্সি

খোঙউপ বূটনা
হঞ্জিন হঞ্জিন কাওরি
থোৎলবা হকচাংদা
শীন্থরক্লি
অঙাংবা ঈ

অকনবা শাফূ অমনা
কন্না য়ৈশিল্লি
হকচাংগী কয়াৎতা

ঈ- শিংনা শীন্থরক্লি
মীৎকী পি ওইনা
উপাই য়াওদনা।

তাং ১-২-২০০৭ ইং

## খেন্নবা

টালিবান
নখোয়নদি
আফঘানিস্থানদা, পাকিস্থানদা সুইসাইদ এটেক তৌরি
নীংতম্নবগীদমক, নখোয়গী পান্দম ফংনবগীদমক
অঁদুবু
ঐখোয়গী শহর অমসুং খুঙ্গংদদি
কন্না শোক্করি
ঈ মশেলগী লান
নিশাগী লান অদুগা ধর্মগী লান।

তাং ১০-৪-২০০৭ ইং

## বন্দ

কৈদৌঙৈ হনখিনি
খঙদ্রিবা মীকূপতুদা
নহাক্লা
পাইশিল্লকখি থুনা য়াঙনা
খঙহৌদনা
লায়রবা কয়াগী কোকথক্তা
হাঙলবা চাকখাওদা।

পাইশিল্লকখি অসুম
হোল্লম্বা স্বনা পীকশিল্লকখি
শম্নরক্তে থরায় হকচাং
চেঙ্গুরকপা
পিগী ঈরানা ঈ ওল্লকখি
অসুম অসুম চপশিল্লক্লি হকচাংশিংনা

মসিবু লায়ববশিংগী
পামজববা খুদোলপোংলা?

তাং ১৩-২-২০০৭ ইং

# দৃশ্য

মায়কৈ মরিদগী
অসুম অসুম পীকশিল্লক্লি
ঐখোয়গী শকয়েং মিংশেল
ময়ি চৎলক্লি চেকখায়গদবগী।

মফমসিদা চাউজরকপা
লৈহাওসিদা হিংজরকপা
জীব কয়া
কাইদোংফম হোংখিনবা
মঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংলক্লি
মায়কৈ শীনবা থুংনা।

লান্দারক্লি লোন্না
লান পান্বশিং
নীক-নীক লাউরবা কয়াৎশিং
য়েন্নরি মচেৎ মচেৎ শেৎতুনা

মতু মমান ইপোন পোন
পাৎকী পোম্বীশিং
নিন্দা তৌজৈ লোন্না
তাঙলবা থব্রায়শিং
য়েংশিনবিনবা কনা লৈত্রবা
ব্রাকৎফম লৈত্রবা।

নাইতোম শাৎচবী
লোক্তাক লাইরেম্বী

থাম্মোয় শোক্লা
অহীং খূদিং তেংথারি
তাবিনবা কনা নৈত্রবসু।

তাং ১৯-৮-২০০৭ ইং

# দন্দি

মহাশয় ঐ
নঙগী থরায় লৌবা লাক্লিবনি
ঐ খঙই নহাক
কনাদসু লান্দে হায়বা
অদুবু
**লান্দবা মাদে নহাক**
মায়োক্তুন্দা লেপ্লুববনিনা
অদুনা নহাক দন্দির্সি লৌ।

তাং [illegible] ইং

# শান্তি অমসুং লম্বী

অধিকারসু মুনখ্রে হকসু লৌখ্রে
বন্দসু তৌদ্রি মৈসু থাদ্রে
শান্তি ফংলে অদুবু
ঐদি পামদে সিগুম্বা শান্তি
লান হৌখিসি ঐখোয়

ইমা! করিগীনো
নঙগী মীৎমাঙসিদা
লম্বী তোঙান তোঙান্নরিবা
কনাগী তুংনো ইনগদবা

হে বিদ্রোহী, হে নেতা
তুংলমচৎকী যূম্বীশিং
লমখাঙদা লম্মূক্করিবসি
নহাক উদ্রবরা
মঙালগী থাউমৈ পায়রগা
অমুক্তদি হল্লকখোবা।

তাং ১০-১২-২০০৭ ইং

# নঙোন্দা হংনীংই

হিটলর নঙদি
শক্তি তানবগীদমক মী হাৎপনি
পৃথিবী পূম্বা
নঙগী খূবামনুংদা হাপচিন্দুনা পায়নীংবনি
শক্তি অমদি মপু হায়বসিনা
নঙগী আশানি, ফিদমনি
অদুনা জিয়ু লাক্ষ-লাক্ষ
নঙগী মীৎমাঙদা
অশিবা ওন্থোকখি।

অদুবু হিটলর
ঐখোয়গী লৈবাকসিদদি
পৃথিবীগী শক্তিদু নত্তে
ফিদমগী নত্তে
অপীকপা ব্রাখলগী
শেন্দানবগী হূরানবগী
অমগা অমগা য়েক্লবগী
মী হাৎপনি
মী য়েক্লবনি

মসিবু নোক্লীংদ্রা হিটলর।

তাং ১৮-১-২০০৮ ইং

# হূরানবা ফাবা

মনীংথোঙসু মমাঙথোঙসু থৎলি
চেনফম লৈখিদে থোকফম লৈখিদে।

হূরানবা ফারে
পৈশা লাকপা ফারে
[illegible] [illegible]ৎপা [illegible]ারে
চৈগা চৈগা
য়োৎকা য়োৎকা চেনশিন্নরকই
কিবদা নীকখি চিত্রগুপ্ত
অদুদগীদি
মালেম লৈমায় য়ৌননবগীদমক
অতিয়াদগী দুতী ওইনা কূমথরকই
নারায়ণ,
মাগী শক্তিদু উৎলদুনা
অহিংবশিংগী মরক্তা

মীকূপতুগী তুংদা মাঙখ্রে হূরানবা
মনীংথোঙসু মমাঙথোঙসু থৎলে
চেনফম লৈখিদে থোকফম লৈখিদে
অদুবু মাঙখ্রে হূরানবদি মীৎমাঙদগী
অমতা ওইখ্রে
খন্দোকফম খঙদ্রে
করম্বনা অঙম্বনো
করম্বনা হূরানবনো?

তাং ২০-৫-২০০৮ ইং

# নথৌ তৌদ্রবদা

তৃব্বদি তৃপ্লি অসুম
মীকপ খোক্তনা
নুংঙাইনা

মঙদে মঙদি অমফাও
মকু মঙ ওইরবসু
নৎত্রগা...।

অদুনা
হে অহীং
করিবু কান্নরিবগেনে
নঙসে
নথৌ তৌদ্রবদা।

তাং ৪-৬-২০০৮ ইং

## তাইওন্নরকপা

শান্তি লাইরেম্বী
নহাক
ঙসিগী সংসারসিগী
ৱাংমদা লৈখ্রো
ইচীক চীকপা অহীংসে
ঐ তৃম্বা হৈতরে

অদুনা য়েংঙু
ঐ হেক পোকঙেদগী
থেংনদুনা লাকখিবা
অয়ো নাহে চন্না
হিংনীংদ- হিংনীংদা হিংদুনা
শিবা ঙাইরিবা পুন্সি কয়া
উরক্রুবদা মীৎসিনা
ঐ হিংবা হৈতরে।
অদুনা
চৎলগে ঐ
শান্তি লৈতবা অতোপ্পা
মফম অমদা
হিংলুনবগীদমক।

তাং ১৪-১১-২০০৮ ইং

# নুপী

ঐ কি তশেংনা থাজবা
নহাক্লা পুন্সি কয়াবু
পুথরি
লৈখ্য়া তানা
অদুনা
নহাক চৎখ্রো
যাম্না লাপ্লা
মালেম অসিগীসু ৱাংমদা
নুপী কয়াবু
নীং তম্না
হিংহৌনবগীদমক।

তাং ১৮-১১-২০০৮ ইং

# সনামতুম

হায়য়ু সনামতুম
অপঙবী নমা ঐসে
নঙগী পুন্সি কন্নবগীদমক
মী হাৎপা তারবরা?

পীক্লিঙৈ নহাক্লা
চেন-চোংনা শান্নরম্বদো
নীংতম্না ইমাগী তম্পাক্তা
নহাক্কী মীনোক্তা
নহাক্কী নতৌদা
চোকথরুরবা হকচাং
অনৌবা ঈনোৎ পীরম্বা
তাইওন্নরে ঙসিদি পূন্নমক

নঙদি
অৱা-মৈশা লাংলেদো
করিগীনো নঙনা
মীবু হেক্তা হাৎলুরিবা
অৱাবনা মোনখাংনা
পিরাংতগা মরূপ শান্নদুনা
মীচেল ওইনা
নঙনা ৱানা হিংবদো
ইমাদি যেংবা ঙমজরোই।
অদুননে
অমতা পোকচবা
ইমাগী সনামতুম শুন্নগেকো

ইমাগী তম্পাকসিদা
পুন্সি চূপ্পা মীকপ থোক্তনবা।

তাং ২০-১১-২০০৮ ইং

## নীংতম্বা

ঐ ঙসিদি নীংতম্লে
ইনীংবা ৱাহৈ ইরগে
হায়নীংবা কয়া হায়রগে
কনানসু ঐবু থিংলরোই
থাদোক্লবনি ঐবু পুন্সিগী ওইনা
নীংতম্লা হিংলুনবগীদমক
অদুননি
ঐনা ঙসি
কলম পায়দুনা
ইনীংবা ৱাহৈ ইরিবা।

তাং ২৭-১১-২০০৮ ইং

## থৱায়

ঐনা হায়বা য়াদ্রবদা
ঐগীনি করম্না হায়গনি
নত্তে নঙদি ঐগী নত্তে
নঙনা ঐবু ৱাহল্লি
নঙনা ঐবু কপহল্লি
চৈনা লিশিং লিশিংনা
নঙ চৎখ্রো
ঐবু থাদোক্কুনা
কোল্লসনু পূম্নমক
নঙগা শেৎনরবা তুংসিদা।

তাং ২৮-১১-২০০৮ ইং

## মরূ

মরাল অমগীদমক্তা
লৌরক্লি থৱায় মথং-মথং
শূপ্নগী মরূ অমখক্লা
পুবিরি ইরায় লায়না
সংসারগী ৱাংমদা।

লম্বীদা লম্মখাংদা
হূৎ-হূৎ লৈদুনা
অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়নদুনা
চঙফম থিরি মরূদুগী

মন্তীক্লরি পুন্সি কয়া
শূপ্নগী মরূ অমখক্তুগা।

পুন্সি হায়বদুবু মসিরা?

তাং ৩০-১১-২০০৮ ইং

# লাই মথা শারি

ঈশ্বরনা তত্তনা হায়
ঐবু ফংগে খল্লবদি
অতোনববু নুংশিয়ু
অৱাববু থৌজানবিয়ু

২

অমুকসু লাউরি
ঐগী নুংশিরবা প্রজাশা
করম্বা মায়খূমনো নখোয়না ঊপ্লিবা
অয়ূক নুংথিলদনা
ধরনা, ৱাকৎ মীফম
নুমিদাংদনা থাবল

ঙসিনা মোর্গতা
কপ্লি তেংথারি
অশিবা মচাবু কোল্লদুনা
খবরদা টিভিদা রেদিওদা
মীহাৎপা পুথোকউ, দন্দি পীয়ু
অদুবু হেক্তা পূমনিল নিল্লি
জগোয়দা ঈশৈদা, কূম্মৈ হরাওদা
অদুননি
ঐগী নুংশিরবা প্রজাশা
লাই ঐনা ঙসি
মথা শারিবা।

তাং ৭-১২-২০০৮ ইং

# ধারা মূৎথৎকুমসি

চিংদুনা পুরকই বলিগী শাদু
তপ্না তপ্না শা হাৎফম তম্না
মোমোন নোক্লি
ঈ খৌরাংলবশিংদু

মতীন কূৎ-কূৎ য়োৎতুনা য়েংলি
অদুগা
মিনুংশি য়াওদনা
কল্লক পেন্না হাৎলি।

ঈগী লৌখোং শেম্নবগীদমক
ঈগী ব্রাথোক ওইনবগীদমক
ঈগী খোঙ্গূল মূৎখিনবগীদমক
ঈগী ধারা মূৎখিনবগীদমক
মাঙখিনবগীদমক মৈতৈ হায়বসি
মালেমসিদগী।

তাং ১০-১২-২০০৮ ইং

# অমুবা চন্দন

কয়াগী মতীক হরাওখি
চাউথোকচখি নহাক্কীদমক
থৌনা ফবনি বীর চক্রনি
অদুবু
নহাক্লদি থিনবিখি
ঐগী লাইবক্তা লৈতেং ওইনা
অমুবা চন্দন

থৌনা ফরুবগীদমক।

তাং ২২-১২-২০০৮ ইং

## ব্রায়েল

লেনথৎখ্রবা তংখায় তানা

ফনা কুইনা ঙাইরম্মী
শাক্কি শাবোন য়ৌরকপা
কনাসু লাকখিদ্রে
অদুদগীদি
অচুম্বা মানবশিংনা
হুমদুনা পুখ্রে।

ইকায়বা পীরমখি অশিবা

পৃম্নমক্তো উদনবা
অঙৌবা ফিনা কৃপশিনখি
শীন-থুংনা।

তাং ২-১-২০০৯ ইং

## চুম্লিব্রা

দ্রাকুলাগী হূইয়ানা শাংদোরক্লি
অসুম অসুম
কোইথি থিরি
অহল-অঙাং নুপী খায়দনা
ঈ চূপ্লি অফং অফংবদা
মদুনসু পেন্দ্রদুনা
নরকতা লংথরি
মথং মথং
মরাল অমমম্‌গা লোয়ননা।

তাং ৮-২-২০০৯ ইং

# নুংশি হৈতেদা

তূম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ
খাদা অমুক চেন
ব্রাংদা অমুক চৎ
লাংবন নুংশা শীংননা
খূবাক কুরোল হুবমখৈ
শৃরুরগা ফংলকপা খরদু

ও, নুংশি হৈতেদা!
পুন্সিবু কনজনবগীদমক
পীবা তাখ্রবা মখোয়দা
ঙসিগী চারা নোংখনসে।

তাং ১০-২-২০০৯ ইং

# লাল্লোং

পোকখায়হন্দবদি য়াদে মীরকসিদা
তঙায়ফদনা
থব্রায়বু লৌবা লাক্লিবা নৎত্রা?

কয়ানো লৌগে খল্লিবা
পুজখো
মচেৎ-মচেৎ তারিবা হকচাংশিং
অমুকসু লংশিল্লু মীরক্তা
পোকখায়হল্লু হনজিন হনজিন
থৌনা ফবগী খূদমনি।

নিনসনু মালেম পৃস্বা
মীকপ মীরাওখোল
কৃপসনু অতিয়া পৃস্বা
অঙৌবা মৈখূনা
অসি নৎত্রা
নখোয়না পাল্লিবা।

তাং ২০-২-২০০৯ ইং

## ভাগ্যচন্দ্র অমসুং শামু

তেংথারক্কনু ঐঙোন্দা
তাবা ঙমদে
নহাক্কী ৱাকৎ
ঐগী করি উপায়নো
তেংথারনু কনাদসু
তাবিনবা লৈতে
নহাক্কী ৱাকৎ
নুংশিবিরোই কনানসু নহাকপু

কংলাগী শাসু তেংথারম্মী
অবোইবা মীকৃপতু লাক্লবদা
কনখিবনি মৈতৈ পণ্ডিত
পুয়ানা তাঙ্গোয় ওনখ্রবদা

পূম্নমক চৎখ্রবসু নঙদি
লেপখোকো
নখোঙ নাম্মতা ওইরবসু
য়েংখো
ঐখোয়গী শহবসে
তাখো নিল খোংবা মরকসিদা
কবি করম্বা অরোনবা
লীলা শান্নরি হায়বা।

তাং ১১-৩-২০০৯ ইং

# ইস্লামাবাদ

মফম পূম্বা অতেক অকায়তনা
পূমথন থল্লি

অতিয়াদা কোইথি থিরি
লানজদ্রবা হকচাং কয়াবু
চৈনা ফংহন্নবগীদমক
চেক্তেক চেক্কায় মরক্তা
নাহেরি চৈনা ফংলদুনা
হকচাং কয়া ঈনা চোৎলি
কপ্লি পীক্লিবা অঙাং কয়া চাকখাউগীদমক
কপ্লি অশোকপীশিং চৈনাখোলগীদমক
পীক্লিবা মচাশিংগীদমক
কপমিন্নে মমা-মচাশিং
মখোল থোক্তনা
অতেক-অকায় মরক্তা

থৱায় কয়া
উপাই য়াওদনা লাউজে
অদুগা শোনজে
"হে অল্লাহ
নঙদি পূম্নমক উরিনি
নঙগী নতম্বাক্কী থৌদোকশিংসে
অমুক্তংদি পুরকউবা
শান্তি হায়বদো মফমসিদা।"

তাং ৮-৭-২০০৯ ইং

## গহর মহল

নোংমৈ থাঙ তেননা
লাকচবা ঙল্লরোইদবা
থারবা নহাক্কী থোঙজাও
পুনা থোঙনাওনা
অতিথিশিংবু তরাম্না ওক্লিয়ে
রানী অরবান

নহাক্কী পীক্লিবা নচা-নশুশিংনা
চে-চোংনা লাউ-খোংবগী
খোঞ্জেলগুম পূমনিন নিল্লিয়ে
থৱায় মচা মচাশিংদুনা মহৌশাগুম

মরোং-মরোং মথেক খোয়না
চৎলিবা মশীং য়াম্লবা কাশিং
খঙখিনি উখিনি থেংনখিনি
চেকশিন্না লোৎচরিবা
মিংশেল মতেক মতেক্না
লৈতেং ওইরিবা পীক্লবা
নহাক্কী মিংশেল কা
অকিবগী মশক ফংলবা
চাউববা নহাক্কী লৈরঙ
মহারাজনা নহাক্কীদমক
থম্বিরম্লা কৃফা
যুগ কয়া হৌখ্রে
ঙরাংগী খূদোলগুম
লেংঙদনা লৈহৌরি

হিংনীংলিবা থব্বায় কয়াবু
হিংহন্নবগীদমক মফমসিদা
অমুক হল্লকখো হায়রদুনা।

তাং ১০-২-২০০৯ ইং

## ইকম্মরা হার্ট

ঈশিং চাইরি
নঙগী হকচাংদা নুপীশিংনা
অদুগা
চীং মচাশিং থরায় হাপ্লি।

পীক্লবা নাপীশিং
লৈহাও পাম্বী, ক্বা পাম্বী
য়ুবী পাম্বী, হৈনৌ পাম্বীনা
নহাকপু অহিংবা মালহনবিরি
যান্ত্রিক কয়া, অয়ূক, নুংথিল, নুমিদাং
চৎলি, ফল্লি, হীপ্লি
থা থরানমিচাক কয়াগা
পুন্সি ৱাবী লীনদুনা

পীক্লবা খূৎশেমগী
মোন-মোন লাউরবা
চীংচেপ্তা
ঐসু হীপ্লি
অদুগা মীৎ উইশিনবদা
ঐনা উই
অশং-অমান য়াওদ্রবা
মরূ ইকোক কোক্লবা
মঙা ও থীরবা নোংজুনা
নীংখায়হল্লবা চীংশাংশিং
অমুকসু
লাইম্মেগী মৈখূদা

মপি শীন্থরদুনা লাউরিবা
“ঐবু অমুক্তং কনবিয়ু”
অৱাবনি
মহাকপু ইরমদমলনে?

তাং ২০-৪-২০০৯ ইং

# অনৌবা চহী

তরাম্না ওক্নি
য়াম্লবা বোমদু পায়রদুনা
অনৌবা চহীগীদমক
মদুনসু পেন্দ্রদুনা
অঙাংশিংগী খূৎতা
অমমম্ য়েল্লি
নোংমৈ মরূদু
নুংঙাইবা ফোঙদোক্লদুনা।

তাং ১০-১০-২০১০ ইং

# ঐবু বূদুরো

অহিংবা মীদু মান্নবা
শেম শারি চরুনা
লেপ্পসু ঙমদে
মঙক পুবসু ঙমদে
তুংগী চৈদু য়াওদ্রবদি
লোংনা হাইথরক্কনি
খোঙগ্রাওসু শেৎপী ফুরিৎসু লীৎপি
খোঙউপ অমসু তোংবী
নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা
লোংলপ লেপ্পি
খোয়শাওনরবা মীয়ামদুনা
কল্লক পেন্না লাউজৈ
"মীয়াম্বু শেন্নবা ঙমদ্রবদি
মিনিষ্টর ফম থাদোকউ
মীহাৎপা পুথোকপা ঙমদ্রবদি
চৌক্রি কোন্দুনা লৈরনু
নোংমৈগী শাসন পামদে
ঐখোয়বু হিংনা শিহনবিনু
ফম থাদোকউ, ফম থাদোকউ।"
মৈ চুবা হৌই মখোঙদগী
খঙহৌদনা ব্রং চাকই
মখোঙদগী মখ্বাঙ
মখ্বাঙদগী মবূক
চাকপা নংহৌদ্রবা মঙক্তু
পূপ কেনখি লৈমায়দুদা।

নোকফেৎ তৌবা মন্ত্রীদু
ফূক হৌগৎলগা চৎলি
করিমতা ৱাওই থওইদনা
নোংমৈ পায়বা সিফাইশিংনা থৌগল্লদুনা
অদুগা হায়রম্মী,
"ঐবু বূদুরাও?"
মীয়ামদু তিংঙক-তিংঙক
য়েংদুনা লৈহৌই।

তাং ১৪-১০-২০১০ ইং

# বর্মাবেটোন পার্ক

কারুনাময়ী নঙগী নতম্বাকসিদা
মশা লূম্নবা চহী য়াম্নবা
উজাউ কয়াদুগী মতোন্দা
কোরৌশিং
চোং চোংদুনা শান্নরি
অতিয়াদা ৱাংনা পাইরি
লৈচীল মচেৎ মচেৎ
উচেকশিং পাইরি
উতোল অমদগী উতোল অমদা।

মশা লূম্নবা উজাউদু
মোমোন নোক্লি
অহল ওইরবা পাইজমা শেৎপশিংদু
পরেং লাকপদুদা
অহাঙবা মচী অমদা
পরেং ফমথৈ
অহল ওইরবশিংবু
সূর্য নমস্কারগীদমক
মথং মথং অঙম্বা যোগমখৈ

অমতা ওইবগী খোঞ্জেলনা
ওঁ: অস্তমা সাতগমায়া
মির্তুমা অমৃতগমায়া
ওঁ: শান্তি শান্তি শান্তিহি...
অঙৈংবা নুংশিৎকা লোয়ননা
থৱায় হকচাং

শান্তিগী লম্বীদা পুৱিরি
কল্লকপা মিহৌবা অপান্বা
অশাওবা অমতা য়াওদনা
পূক্লিং হকচাং ইয়াং য়াংনা
অমমম্তা ওইনা পরেং থোকখি
অয়ূক্কী মতম লোইরদুনা।

নাক-য়েৎতা মশীং য়াম্লবা
নাখল য়াওদবা দুকানশিং
পীক্লবা
হোটেল মচাশিং
চৌমিন, রোল, দোশা
অমতা ৱাৎতে পীকচরবসু
খ্বাইদগী মরূ ওইরিবদি
মদু অমতা নত্তে
লুপা তরা পীবা
মী অনী ফন্বা চনবা
প্লাষ্টিক মচাদুনি
উমংদুগী মথানুংদা
নুংঙাইনা পোৎথারি
প্লাষ্টিক মথক্তা
ফিজেৎ লৈতেং কান্নদ্রবশিংদু।

অমগা অমগা নক্রে য়েংশিন্নদে
অঙাং অহল খায়দে
জুবা জুবা শেন্নে
মখোল থোক্লবা
মতক তাইগংপা ভুমদ্রবা উজাউশিংদু
নুমিৎ চত্তখিবা ভাইবি
[illegible]ন্নংদুসু শোল্লি
সোল্ট লেক সিটি

নওগী মগুণ লৈরবা
স্পোর্ট্স কমপ্লেক্সকী শান্নরোয়শিং
চেকপল ব্রাংমসিদা
খূনীং কাঙখৎতুনা য়েংলক্কনু
নখোয়না উদনবা
ইথানুংদা চেৎনা কোল্লগেকো
মখোয়সে।

তাং ২৮-১১-২০১০ ইং

## মণিপুর বন্দ

তোঙান্না তৌজবনি
মণিপুর বন্দ, নেশনল হায়রে বন্দ
অনৌবা ধর্ম চঙলক্তনবা।
মীশীং য়ামদ্রিবা ঐখোয়
মীগী ধর্মদা লূপখ্রে
পৃথিবীগী মনুংদা
ধর্ম পাম্বা জাতিনি
শক তাক্কদৌরে
ধর্মগী ভোট খোল্লিঙৈ
ধর্মগী পাউজেল পীরিঙৈ
সনরেন্বী ইমাদি ঙক য়ৌদ্রিঙৈ
হৌজিক ফাওবদি য়ৌরক্লিবা
অনৌবা ধর্মশিং থিংলুরগে
অবোকপু থোকপিরক্লো
নশূ চলাম্ববু কৌবিরো
ইকায়খাঙ কঙ কোৎতুনা
নেশনল হায়রে বন্দ তৌরুরসি
ধর্ম, ফিজেৎ, চাকচা, চৎনবী
নীতি নিয়ম মান্নদ্রবদা কন্না
অপূনবগী লংলানা পুনগদৌরিবা
অদুনা
চীংলোন মাপলগী চুথেক্তা
ফেষ্টুন থেৎলসি ঐখোয়
অনৌবা ধর্ম লৌজদ্রে হায়না।

তাং ১০-১২-২০১০ ইং

# ফূরিৎ লীৎলু গান্ধী

লোইখ্রে মতম
নঙগী অহিংসাদু
থুখ্রে পূম্নমক
হিংসাগী লাংদা
লাউরনু কান্নররোই
অহিংসাগী খোল্লাউ
কৌরুরনু কনাসু
আন্দোলনগীদমক
হৌজিক নঙ লৈবগী কান্নদ্রে
চৈশৃদু পীরম্মু ঐঙোন্দা
অদুগা
ফূরিৎ লীৎলু গান্ধী।

নঙনা, শহরগী ময়ায় চবূক্তা লেপ্তুনা
অচৎ-অওকশিংবু য়েংলি
অদুগা উরি
অমগা অমগা
তোঙান তোঙান্না
অমতা হেক পূন্দবশিংসে
অদ্না ইকায়দ্রা নহাক
ফনা কুইরে ৰা অমতা ঙাঙদা
আনোক থাংগৎতুনা
লেপ্লি নহাক্না অরেম্বদা।

য়েংঙুনে শক্তি পায়বশিংনা তৌরিসে
অরানবশিংনা থিরি অদুগা ওৎপিরি

চৈনা খাঙলি মরাল লৈতবশিং
তুশোন মানশোন্নবশিং

নঙসু নরাল লৈতে
অদুবু য়ৌরক্কনি শোয়দনা
ফৃরিৎ লীৎত্রবা নঙগী
হাঙলবা নঙ্গলদুদা
শক্তি পায়বশিংগী লীচৈ
অদুনা, ফৃরিৎ লীৎলু গান্ধী
নহাক ফৃরিৎ শোয়দনা লীৎলু।

তাং ১০-১২-২০১০ ইং

# পর্সেন্টেজ

নহাক লৈরমদ্রবদি
ঐসে কয়াম নুংঙাইনি
মীহুলসু চোংলল্লোই
খূৎসু নীক্লল্লোই
ৱাখলসু চরাঙনরোই

অদুবু অৱাবদি

য়ূমসু শারল্লোই
ইংখোলসু লৈরল্লোই
নুপীসু লোল্লল্লোই
কারসু লৈরল্লোই

নহাক লৈরম্বনা ফৈ।

তাং ১৩-১২-২০১০ ইং

## ফাদোক

ঐনা নঙবু হাৎপনি
ঐ ফাদোক তারে
ঐ দন্দি ফংলে
ঐ ৱারে
হায়য়ু
নঙ পেল্লব্রা
নঙগী অপাম্বদু য়ৌরব্রা?

তাং ১৫-১২-২০১০ ইং

## দশা

খোয়শাওনরবা পুলিসশিংদুনা
চিংথোরক্লি অমমম্‌তা ওইনা
পরেং লেংলি
অমগী মথংদা অমা
অমগী মথংদা অমা
উপ্রাক্লা উপহল্লি
মোজা ফূরিৎ মথক্তা
চৈখৈ চিংবা হৌই
চাউরবা লীচৈদুনা
পাক্লবা নঙ্গলদুদা
"নোংমৈ কাপ্লম্বদু
নও নৎত্রা?
নোংমৈদু পুথোরকউ"
কাওবগা, থিনবগা, থাবগা
অদুনসু পেন্দ্রদুনা
গাড়ি মনুংদা
শুতেক-নাতেক
"সার সিদি অমতা নত্তে"
"হে বূদু! তূমিন লৈয়ু
অশেংববু কদায়দগী লৌরুনেগে।"

তাং ১৮-১২-২০১০ ইং

## হব্রাইমান

হব্রাইমান—কদায়দগী পৈশানো?
‘ঠিকাদারদগী লৌরুবনি
কনাগী গাড়িনো সিনা?
ঐখোয় কেন্দ্রগী এম এল এদগীনি
চাকতি চারব্রা?
‘ইনাকখুনবশিংগী চাকখূমদগী চারে’
কৈনো পায়রিদুবু?
‘মোবাইলনি ’
লম্বীদি ফজনা শেমহৌরব্রা?
কাবক শাবক
রিপ্যারিং তৌহৌরে
এ: অদুদি
ঐগী পর্সেন্টেজ
পীরকপা য়ারেনা।

তাং ২৫-১২-২০১০ ইং

# ইমা কৈথেল লাইরেম্বী

তানীংদ্রবা খোঞ্জেল কয়াগী খোঙথাং
য়াক্লা য়াক্লা খোংলিবা
গাড়িগী হোরোন মরক্তা
লেঙঙম শাঙমদা
নুংশিৎনা ইন-ইন্দুনা পুরি
ইমা কৈথেল লাইরেম্বীগী মচাশিং

পাঙ্গল য়াওদ্রবা
শরূ-শয়াং কেল্লবা
চনীং-চমাঙ শম্নদ্রবা
ফমুংদা য়াতারিবদু
মখূৎ খৎতুনা কৌরি
পাম্বোম অনী তিংথোক্তুনা
ইমা কৈথেল লাইরেম্বীনা
"ইচাশা নখোয়গী পোৎফমসে
ইহাঙ হাঙলে,
ইমা য়েংবা নুংঙাইতে
কৈথেল কারো লাউ
পাঙ্গল হাপ্পিগে ইচাগী
ঙাইহাক্তা ওইরবসু য়ৌরকউ।"

পাঙ্গল থৌনা খমখ্রবী
হৌগৎ কাঙখৎপা ঙমদ্রবী
লাইরেম্বীগী মচাদু
মফি মরোল লোইশিন্দুনা
ফমুংদগী ওন্থরকই।

চেনশিল্লকই মিপাইরবা মচাশিং
“হে ইমাসি কাংথোলদগী তারেনে।”

“হে থবায় মঙামক
মিগা থানা তরূকমক
লাকও-লাকও
কু: কু: কু:
মীৎকূপ অমতা ওইরবসু ইচাশা
লাউনে ইমাগী নাকসিদা
নঙগী পোৎফমসে
হেক য়ৌবগা
নতু-নমান
ইখিং খিংনিয়ে হান্নগুম্না
তু! নঙনা ফম্লম্বা ফিদাসে
কনামতা ফমদ্রে
ফম্লরো লাকও
ইচা অমতং বাৎপদা
ইমাদি নুংঙাইতে
লাকও ইমাগী নাক্তা লাকও।”

“ইবুংঙো কৈথেল
ঙাইহাক্তা য়ৌরুগে ঐ
লাইরেম্বীনা ঐবু কৌরেনে।”
“হৈমা! ইমাসে
ঈশিং থক্কে হায়রিমানে ময়া কারে
সে! ঈশিং ইল্লক্কে ইমা।”

তাং ২৬-১২-২০১০ ইং

## ইন্টিগ্রিটি

চীং নঙ
খূৎ য়াওরুনু
তূমিন্না ফন্মু
লেমজবগী হৌনশা
তম নঙ
ৱা য়ামগনু
তূমিন্না লৈয়ু
তপচবগী হৌনশা।

তাং ২৭-১২-২০১০ ইং

## থাদোকপা

নখূৎ অনীদো ককপিরগে
নখোঙ অনীদুসু ককথৎপিরগে
চৎলো চৎনীংবা মফমদা
তৌরুরো তৌনীংবশিংদু
নঙগী অপান্বদু
ফংব্রা য়েংঙুরো

নঙবু থাদোক্লবনি ঐনা
অমুক হন্না ফাজিল্লরোই
ননীং তম্লুরো
অহাঙবা অতিয়াদা পাইগেরা
অৱাংবা চীংদোল কাগেরা
পাক্লবা সমুদ্র লানগেরা
নঙগী অপান্বনি পূম্নমক্তু।

তাং ২৮-১২-২০১০ ইং

# অমম্বা

থোরক্লগনু নুমিৎ নঙ
মঙাল মচেৎ অমতা পীরমগনু
মফমসিদা

য়েংবা নুংঙাইত্রবা অয়ূক্তো চৎখিসনু
ইঙ্গিৎ অমতা পীরমদনা।
ঙাইখো মতমগী খোঙচৎ
য়েংঙু
মচেৎ মচেৎ ককখ্রে
ঐগী শাদোংশিংসে।

অদুননি ঐনা মঙাল পামদ্রিবা
নঙসু উরেদনা
হৌজিক্তা থোকখিবদু
মবূক থন্না চাখ্রবনি
ঐগী শাদোং

লাকখিনি মথং মথং
অহীংসিনা লোইদ্রিঙৈসিদা
চাখ্রসনু লোইনা
শরু পোলাং খক ঙায়রসনু
ঐদি খক থোক্লরোই
মঙালবু শীংনদুনা
তূক্কৎচরনি ঐবু উবদা।

তাং ৩১-১২-২০১০ ইং

## ফিজং মরুমদা

উতোং অহোবদুদা
ঈশিং হৈ
অসুম অসুম
লোইখিদুনা থিরকই অমুক
লৈকায়গী পৃথ্রি মচা মচাশিংদুগী
শোক্লি ঈশিং
উতোং অহোবদা হৈননবা

কংখ্রবদা পৃথ্রি মচা
য়েংলকই ইমুংগী
ঈশিং পুন মচা মচাশিং
অদুদগী থিরকই অমুক
খাক্কুনা থল্লিবা
কংলবা খৌনাও চোৎননবা
খজিক্তা ঙায়রবা ঈশিং
শৃপ্পগী য়াউম অমখক্তু।

তাং ৩-১-২০১১ ইং

## লোৎখ্রবদা

অঙৌবা উচেক
কোইপাই পাইরি
মালেম শীনথুংনা
অশংবা ঊনা অমগীদমক

কোয়থি থিরি
অতিয়াদা অমুক
মালেমদা অমুক

থা থৱানমিচাক
নোক্লি
মনীংতম্না হাইনা হুম্না
অঙানববু লোৎশিল্লি
উখিদনবা ঊনাদুবু।

তাং ৫-১-২০১১ ইং

## পাম্বৈ

লোইনা হাৎলসি মখোয়সে
হেক উবগা
পুবা থাংবা ঙমদ্রে
সুম সুম হেনজিল্লক্লে
অমফাও হিংংহনবা পামদ্রে
মরী মরী থোক্লক্কনি অমুক

লুম্মগা থোমসিরা উতূপসিনা
নৎত্রগা
হূ পীজরগা হাৎসিরা
কিরনো অমদি খলহৌবনা চুম্মী
খাঙবা ঙমদ্রে
উচিগী উর্চি ঙাক্তো ঙায়রে।

তাং ৫-১-২০১১ ইং

## নৎত্রবদি

শারন্মী হায়
ব্রহ্মানা তাইবং মীওইবা
শারি অমুক তাইবং মীওইবনা
নোংমৈ এটোম মিসাইল
মথং মথং
লোইশিন্নবা মীওইববু

হে ব্রহ্মা
শাবা লেপ্পিরো তাইবংপান
অদুগা তাইবং মীসু
লেপচখ্রনি শাবা শোয়দনা
নোংমৈ এটোম মিসাইল
মথং মথং।

তাং ৬-১-২০১১ ইং

## অমতংদি পীয়ু

অমা হেক্তা
ওইরবসু পীয়ু
ঐবু শিবগী মরম
নংত্রবদি ঐ
মীরমলেনদসু
লাইরমলেনদসু
ঐগী লৈফম লৈতরে

কয়াম কুইনা ঐবু
অসুম্না লেনখিনি?
ইরাল খঙহন্দবসিনা
অশি লমদমদা চৎলিবা
ভাব তাদবা খোঙচৎসিগীদমক
নংগনি শোয়দনা ইকায়বা।

হে মীহাৎপা
ইরাল অমতং পীয়ু
নঙবু থাগৎ ব্রাহৈ পীরমগে
ঐগী শক্তাকচেদু পীবিরো
অদুগা
চঙহনবিরো ঐবু লাইরমলেন্দা।

তাং ৭-১-২০১১ ইং

# হৌজিক হৌজিক্কী

মীতমদ্রিবা মচাদুগীমক
চাশিল্লি ঙক য়ৌদ্রিফাও
অফং অফংবা অউ অউবা
লাম লামদুনা চায়
মী মকোক শা মকোক
শারোই ঙারোই
ময়ামগী লূখাক চগুম
ফূমদি হাউদি সড়ককী
অপুম-অশা
হিংচাবশিংগী
মরূ-মখাক
মদুনসু ওক্রুদুনা
অমুক
ঈ থক্লি
অহিংবা শাশিংদগী
হয়েং
তাইবং ফাওরক্লবা কাল
মী ওইনা লেপ্পা ঙম্নবা
নাউপুরিবী মমাদুনা
মচাদুগীদমক।

তাং ৮-১-২০১১ ইং

## তুং অমসুং মাঙ

ওং-সান সু চি
নঙদি মোমোন নোক্লি
ঐখোয়গা অহানবা উনবদা
অদুবু নঙগী তুংদা লেপ্লি
মীচমগী ঈ থক্লিবা হিংচাবশিং

তৈরি চীনবানদা
লাংবনগী খোইহী
অদুগা
য়েংলি নঙগী
খোঙ্গূল পরেং পরেংশিংদু।

তাং ৯-১-২০১১ ইং

## লৈরাং শিঙ্গারৈ

অয়ূক্কী লীক্লানা য়েবদা
কেনগদবগী ঙাইরি
শিঙ্গারৈ লৈরাং লৈখোক্তুগী
অদুগা
কপ্লি লৈখোক
লৈনমবু পুদুনা
য়ৌখ্রবদা লৈমায়
শিঙ্গারৈ লৈরাংনা।

ঙসিদি
ইহাঙ হাঙহৌরে লৈকোলসে।

তাং ৯-১-২০১১ ইং

# অমদি হাৎকে ঐনা

থৌনা লৈবীনি
অরানবা য়াদে
খণ্ডহনবা পাম্মী নখোয়দা
অদুনা

হায়য়ু কনা হাৎলুগে
মী হাৎপা হাৎলুরা
মীচেন হাৎলুরা
নৎত্রগা
মী হাৎকে তৌরম্বা হাৎলুরা
অমদি হাৎতবা য়াদে
ঙসিনা অমা হয়েংনা অনী
হংচিৎনা অহুম
অদুনা
ঐগীসু অমতা পীয়ু
মী হাৎত্রবদি
থৌনা লৈবী মাল্লরোই ঐসু।

তাং ২৫-১-২০১১ ইং

## কায়বা

অমনবা মন্দিরগী ফক্লাং
কায়থরক্লি মচেৎ মচেৎ তানা
ধর্মগী নোংলীক খীক্লি
ফক্লাংদুবু মেনশিন্নবা
অদুবু
হোরি অদুম্মক মেনশিনবা য়াদনা
হোদ্রোং হোনা
অদুদগী অমুক
কায়থরক্লি মীওইবগী থম্মোয়সু
মেনশিনবা য়াদনা
মচেৎ মচেৎ তানা।

তাং ২৮-১-২০১১ ইং

# উচেক মশীং থীবা

লাউথোরকই উচেক মন্ত্রীনা
উচেক পূম্নমক মাগী মাগী
মকোলদা লৈননবা
মমীৎ মনা চপ য়ুংই উচেকশিং
মখোয়বু মশীং থিরনি তাবদা
খা-রাই খঙদা
কোয়চেন চেন্নে উচেকশিং।

লোক্তাককী ফূম নোম্লি
মরেং-মরেং
ঈথক ইপোম হৌরি
নুংশিৎ শীৎতনা
মকোল লৈজদবা উচেকশিং
শারি মকোল
থাপ্লা চৎখিবা উচেকশিং
পাইশিল্লক্লি মশীং থীবা য়াওননবা
কোয়বা লাকপা অতিথি
পাইথোকখি মশীং থীবা য়াওদনবা
চীৎথ নাম্থহৌবশিং
লোৎলি তূমিন উদনবা

লোক্তাককী ফূম মরেং-মরেং চৎত্রে
পূম্নমক তূমিন তূমিন লৈখ্রে
উচেক মশীং থীননবা
উচেক মন্ত্রী য়ৌরক্লে
থিবা হৌরে মথং-মথং

কদায়দা করি লোৎলি
কদায়দা করি ফুন্নি
কদায়দা করি তৌরি
কদায়দা করম্মা চাক্তারি?
উচেক মশীং থীবা লোইরদুনা
চৎপ্রে পূম্নমক মথং মথং
পাইথোকখিবা উচেকশিং পাইশিল্লক্লি
লোৎলম্বা উচেকশিং চোংথোরক্লি
মখোয় পূল্লপ ওনশিন্নদুনা
শিথ-শিথ নোকমিন্নে।

অদুগা হায়রি
"অসিবু উচেক মশীং থীরিনেয়ে।"

তাং ৩১-১-২০১১ ইং

## লাইবক

ঐ খঙইনে দ্রৌপদী
দুশাসনগী মাঙদা
নঙ মায়থীখিদে
ঐ খঙইনে সীতা
রামগী মাঙদা
নঙ মায়থীখিদে
অদুবু দেবী
নখোয়না অমুক্তদি হায়বিয়ু
পূম্নমক্কী মাঙসিদা
ঐসু মায়থীখিদে
অদুবু
বদনাম সিমদি অদুম্মক
লোয়নরগে ঐ
অহীংসিমা হৌখিবগী।

তাং ২১-১২-২০১০ ইং

## ব্রাশক ঙাকপা

য়ুগী বোটল মনুংদা
লূপ্লি দেবদাস
চন্দ্রমুখীগা লোয়ননা

নঙগী হকচাংসি
কয়াদা নুংঙাইনা পোৎথারিবা

খাঙলি ঙসিদি অমুক
লিভর সিরোসিসকী চৈনা
অদুবু
বোটম মখূমদি হাংলি
থক-থক নীক্তুনা।

তাং ২৪-৪-২০১১ ইং

## অপূবনা চাউবা

নঙগী লুপা সে
ঐ পূরে বোন্ধু
কোন্না তপ্না শিংগে
অদুগনে
গিরি গিরি হেক তক্লবা
সি উরেদনা।

তাং ২৯-৪-২০১১ ইং

## অহিংবা ঘড়ি

নাপী মথক্তনি
শাংলবা খোঙচৎ অমা নঙনা চৎলিবদু
উন নোং
নুংশিৎ-নুংশাগা শীংনদুনা
পি মরীক অমতা তাদমখৈ

পাল্লবা লম্পাক্কুদা
নঙগী কাতা খোঙচৎ কায়দনা
পীল্লবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা
তেক-তেক তেক-তেক
অদুগা লাউরি
ঐ হিংলি থাজদ্রবা য়েংঙু
মতম কায়দনা চৎলিসিনি

হৌজিক্তি খঙলে
লাল ভাগসিদা
নহাক হিংলি হায়বা।

তাং ১-৫-২০১১ ইং

## পাইখ্রবদা

সনাগী মরূম কোক্লনবা
পাইরক্লি অতিয়াসিদা
অদুগা য়েংলি
মরূ ইকোক কোক্লবা
নাপলগী শম্বল খানরিবা লমদমসিদা

খঙহৌদা পাইশিল্লকপা
পূনশিনবা ঙমদ্রবা
শা ওল্লবশিংনা
লাউ খোংদুনা তাম্থোকখি
হৌরকফম মাঙলবা খোল্লাউদা

সনাগী মরূম কোকপী উচেক
পন্থখিদে মীকূপ অমফাও
থুনা য়াঙনা পাইখ্রি
অতোপ্পা: মরূম কোকফম অমগীদমক

ঙসিদি
লমদমসে অসুম মমশিল্লক্লি।

তাং ১৭-৫-২০১১ ইং

# কেলা গেট

মানসিং
কীন্থরবা মন্নবা, গারজারি মহলদুদা
মীৎ কক্লা অমতা উইশিন্দনা
অতিয়াদা য়েংদুনা
গারজারি রানীবু
ঙাইরি নঙগী কেলা গেটনা

মহারাজ
নঙগী মহলসে, মোমোন নোকখিদ্রে
নহাক্কী চহী কুন্থাগী মতমদু
নীংশিংনা যাত্রিকশিংদা
তৎতনা হংলি
অমুক্তং হনবিরকউ
কেলা গেটসিদা
মথং মপোক লৈরম্লবদি
মানসিং মহারাজ
গারজারি রানী।

তাং ১০-৯-২০১১ ইং

# লৈ পরেং অমসুং ফীরাল

থব্রায় হাপ্তুবা অশাবা মূর্তিদুনা
লৌথোক্লি লৈ পরেংদু মগুক্তগী
অদুগা পুদুনা চৎলি হূক্লনবা
হিংলিবা অমগী ঙকশমদা

মচু মচুগী ফীরাল
পাইরি অতিয়াদা য়াম্না ৱাংনা
লৌবূক্তা লমহাঙদা চীংদা - মান্দা
অদুগা লাউরি
নখোয়গী লুচিংবদু ঐনি
লৈ পরেংদু ঐঙোন্দা পীরম্মু

চেৎনা পায়রি লৈ পরেংদু
ঐখোয়গী লুচিংবদুনা
অদুগা উরে শিন্মীশিংগী হুমাংমলনা
শেন্দোল ওইনা চেন্থখিদুনা
লৌমীশিংগী থাউমৈ
অসুম অসুম লৈথরি মূৎখিনবা

চৈথেং কয়াসিগী চৈখল ওইনবা
হৌজিক নহাকপু থিবদা ফংদরে
অঙ্গো চীংদগী হৌগত্তুনা
ঐখোয়গী ইরক্তা তিল্লরো
লৈ পরেংসি শিন্নবা।

তং ৩০-৯-২০১১ ইং





**অখোম য়ান্দিবালা দেবী**

ইং ১৯৮১, মার্চকী তাং ৩ দা কোংবা নান্দৈবম লৈকাই,

ইম্ফাল ইষ্টতা পোকই। মচিন-মনাও তরেৎকী মনুংদা তরুকশুবীনি।

অপোকপগী মিং লৈখিদ্রবা অখোম গুলাপ্পী সিংহ,

অপোকপীগী মিংনা অখোম ওংবী ইবেতোম্বী দেবী কৌই।

আইদিএল গালর্স কোলেজ, অকাম্পাৎতগী গেজ্যুএত লোইরে। মণিপুরী

লিটরেরি সোসাইটি, ইম্ফালগী অচঙবা মেম্বরনি। মণিপুরী সাহিত্যগী জর্নেল

কয়াদা মাগী শৈরেংশিং খুদোল তৌদুনা লাক্লি।

কৌনাগী পোখোক পুথোকপগী শিনফমদা মাঙজিল থাবীনি। ডাইরেক্টোরেট

ওফ কম্মার্স এণ্ড ইন্দষ্ট্রিজ দিপার্টমেন্ট, গভর্নমেন্ট ওফ মণিপুরনা ইং ২০০৯

দা ষ্টেট মেরিট এৱার্ড অমদি নোর্থ ইষ্ট জোন কলচরেল সেন্তর,

ডিমাপুরনা নোর্থ ইষ্টকী অখন্নবা

য়ং টেলেন্টেদ আর্টিষ্ট এৱার্ড ২০০৯-২০১০ পীদুনা ইকায়খুম্নপ্রবীনি।




মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি

মমল:লুপা ১৫০